# KANGSHINKHRABA MEETKEE PI

*a collection of Manipuri Poems*

*by Thoudam Netrajit Singh 2000*

| | | |
|---|---|---|
| অহানবা ফোঙবা | ঃ | খৃষ্ট কুম ২০০০ |
| কোপী মশীং | ঃ | ১০০০ (লীশিং অমা) |
| অফোঙবা | ঃ | থৌদাম নেত্রজিৎ সিংহ, লমদেং মখা লৈকায, |
| ফংফম থোকপা | ঃ | অইবা মশা (থৌদাম নেত্রজিৎ সিংহ) |
| নম্ফম | ঃ | পদ্মা প্রিন্টর্স (কম্প্যুটবাইজ),পাউনা বজাব, ইম্ফাল |
| মখুম | ঃ | ঈ কিশ্ববচান্দ সিংহ (খুবাই) |
| মমল | ঃ | লুপা ৬০.০০ (হুম্ফু) |
| লাইবিক ফংফম | ঃ | বুক কেভ, পাউনা বজাব ইম্ফাল |
| | | মণিপুবী সাহিত্য পবিষদ, পাউনা বজাব, ইম্ফাল |
| | | বাজেস বুক ষ্টোল, গভর্নব বোড, ইম্ফাল |

অইবগী ফোঙথ্রবা লাইবিকশিং

ইম্ফাল সহব (শৈবেং) ১৯৯৫

সাহাবাগী মীকপ (ৱাৰীমচা) ১৯৯৬

ঐ খূৎলায পাযদে (শৈবেং) ১৯৯৭

ঐগী নুংশিজরবী ইমা

অমদি

মণিপুরী সাহিত্যবু নুংশিবীরিবা মীওই খূদিংমক্কী মফমদাঃ

## অঙাং ওইরিবৈঙেগী পুন্সিদা

অঙাং ওইরিবৈঙদসু অদুগা হৌজিকসু ঐগী পুন্সিদা খ্বাইদগী হেন্না পামজরকপা, নুংশিজরকপদি লাইরিক্তি, লাইরিক কোন্দুনা অয়াম্বা মতমদা পাজবদুনি। মখল খুদিংগী লাইরিক ওইবা য়াই। য়াম্না হেন্না নুংঙাইরকখিবদি ঙল্লিবৈঙে মতমদা ঐগী য়ুমদা, লৈকাইদা রারীমচাগী লাইরিক, উপন্যাস কয়া (মপানগী লোন্দগী হন্দোকপসু য়াওনা) পাজরকপা ফংখিবদুনি। মতমদুদা ঐগী ইয়াম্বশিংদি কলেজ কারে, বি.এ. তম্বা য়াওরে। মখোয়না তম্লকপগী নৎত্রগা লৈরগা পারকপগী লাইরিক কয়া য়ুমদসু লৈরকই। মতমদুদা শৈরেংদি করিনো খঙলক্তে, হৌজিক্তা কন্না ঙাওখৎখিবনি। লাইরিক কয়া পারকখিবদুনসু ঐবু য়াম্না ঙন্না সাহিত্যগী রাখল, ইথীল ফাওহনবদা মতেং ওইখিবনি খঞ্জে। লাইরিক তম্বগী মতাং দদি, ক্লাস ফোর কাবা চহীদগী স্কুলদা লাইরিক তম্বা চৎপা অদুম ফংলকখিদ্রবনি। মতমদুদগী ঐগী চথোক চৎশিন্দা নুংঙাইতবসি খরা খরা লৈরক্লে। অঙাংসু ওইরিবনিনা ইশাদা খজিক্কুং হেক নুংঙাইরক্তবদুদা স্কুলনগা লাপ্পগা লাইরিক তম্বদু অদুম চৎখিদবনি। স্কুলগী ক্লাসরুমদা ওজাশিংনা লাইরিক তাকপিবদগী ফংগদবা জ্ঞান, লৌশিং, ছাত্র ময়াম লোইনবগী নুং ঙাইবা পুম্নমক্তু ঐগদি ঙন্না কায়নখি। অদুবু স্কুল চৎত্রবসু, ছাত্র-ছাত্রীশিংগী মরক্তগী তোখাইরক্লবসু য়ুমদা মতম মতমগী ক্লাস খুদিংমক্কী লাইরিক লৈদুনা হোৎনখি, ইয়াম্বশিংগী লাইরিক পাবদা চঙশিন্দুনা তাকহনবা লেপখিদে। মতমসিদগীনি ঐনা সহিত্যগী লাইরিক পাখিবদুসু। স্কুল শুক্তা কারক্ত্রবনিনা মেত্রিক থারমদাইদসু সার্টিফিকেটকী মতাংদা য়াম্না চাউবা সমস্যা লৈরকই। খুদোংচাবা মফম কোয়থি থিরগা অরাপ্পদা মেত্রিক থারকই। নৌরিবৈঙদগী হৌনা ঐগী পুন্সিদা নিংঙমদবা, নুংঙাইতবসি অদুম য়াম্নরক্লবজাৎনি। অদুবু মেত্রিক পরিক্ষা পাস তৌরকপদা হরাওখিবা অদুদি পুন্সিসিদা মুৎলরোইদবা নীংশিংবা ওইরি।

## ইবা হৌরকপগী লম্বীদা

শৈরেং ইরকপা, রারীমচা ইরকপা হৌবদি ক্লাস সিক্স, সেভেনগী মতম অদুরাইদগীনি। মতমদুদগী হৌনা, অচীকপা উরগা হেক্তা ইনিংলকপা, ফজবা লাইরিক অমা পারুবদা পি তাবা, কাউঙমদবা, করি করিনো পঙখন্দ খনবসি হৌরে। ঐগী সাহিত্যনা মপান থোক্লকপদি

ওরিয়েন্টেল কলেজদা পরিক্ষা থাননবা মিং চনশিল্লুবদগীনি। কলেজ অদুগী মেগাজিন ফোঙবা অনীরক্তা শৈরেং, ৱারীমচা হাপখি, ঐগীদা নত্তনা ইমান্নবশিংগীসু। অতোপ্পা কলেজ কয়াদসু (ইথকথোংবশিংগী য়াওনা) শৈরেং, ৱারীমচা কয়া মখোয় মখোয়গী মেগাজিন্দা হাপ্পবগীদমক লৌখি। মেগাজিন ফোঙলকপা মতম মতমদুদা মখোয়না ঐবু য়াম্না থাগৎখি। (কলেজ খুদিংগী মমিং, মেগাজিন ফোঙবগী শোক লোয়না পল্লবদি ইবদা শাংদোকখ্রগনি খন্দুনা হাপচদ্রে, ঐগী পুক্সিদা অসুম্না তৌরকই হায়বদু পঞ্জবতনি)। হান্নদগীসু অদুগা হৌজিকসু লমশাং মায়কৈসি সাহিত্যগী লমদদি শাখিনা শোখরি, অইবা লৈরক্তে, মদুমক্লসু ঐগী সাহিত্যগী লম্বীদা নাইতোমতা তাদুনা লাক্লি। সাহিত্যগী লম্বীসিদা ঐঙোন্দা অচৌবা ইথিল অমা পীখিবদি ওল ইন্দিয়া রেডিওগী নহারোল খোঞ্জেলগী সাহিত্য থৌরম্ননি। ইশাগী চহী তরাতরুক শুবদগী হৌজিক ফাওবা লেপ্তুনা মরক মরক্তা থৌবমসিদা শৈরেং পারক্লি। পুক্সিগী ইহান হান্না এ.আই আর. ইম্ফালনা শৈরেং থিবা য়াবগী চে থারকপদা ঐগীদি খোঞ্জেল নৌমল্লি হায়দুনা লৈকায়গী ইয়াম্বা অমদা ঐহাক শাহন্দুনা শৈরেং শীহল্লুই। মসিমসু কাউররোইদবা অমনি। রেডিওগী খোঙদা তত্তনা শৈরেং থীরুবদগীদি ইশাদা ফজবা শৈরেং, চৎনবা য়াবা ৱারীমচা ইনিংলকপগী অকনবা শাফু অমা লাকখি। মতাংসিদগীদি ঐগী বাখল অমদি হকচাংনা অইবা কয়াগা তোৎন তিন্নবা যাওনা মখোয়গী মনাক্তা চেনশিনখি।

## লাইরিক অসি পুথোকপগী মতাংদা

চহী থংন থংননা লাইরিক অহুম, অহানবদা, "ইম্ফাল সহর" (শৈরেং '৯৫) অনীশুবদা, "সাহারাগী মীকপ" (ৱারীমচা '৯৬) অহুমশুবদা, "ঐ খুৎলায় পায়দে" (শৈরেং '৯৭) ঐগী থম্মোয়দগী, ঐগী কোকসিদগী থাম্বা য়াদনা মীয়াম মরক্তা, সাহিত্যগী পুক্কৈদা চঙখি। নীংশিংলুবদসু তু চুংই হৌজিক্তা, "ইম্ফাল সহর" নম্বদা বাখিবা ময়াম, ইম্ফাল ফাওদুনা খুরাইগী পুথিবা প্রেসতা নুংতিগী নুংশা মরক্তা থা অমরোম লাইরিক্কী প্রুফসু ককপা চৎখিবা। চৎপদুসু সাইকলদা ঙাক্তনি। "সাহারাগী মীকপ" পুথোক্লবা হোৎনবদা থেংনখিবা শেলগী অৱাবা, পাবা য়াবা লাইরিক অমা ওইননবা হোৎনবদা চেন-চেংজখিবা কয়া। লাইরিক ওইনা পুথোরক্লবা, উজরবা মতমদনা হান্নগী অৱাবশিংদু নুংঙাইবনা মহুৎ শিনখি। মশিমক্লসু অইবা অমদা নিশা অমগুম ময়ায় কাহল্লি। "ঐ খুৎলায় পায়দে" পুথোকলমদাই মতম অদুৱাইদদি অখণ্ড অহে কয়া, অইবা কয়া হকথেংননা লোয়নবগী তাঞ্জা য়াম্না ফংখি। মণিপুর সমাজবুসু মুম্না খঙলবদৌনা য়েংলুই, খংশাউ শাউজরুই, পেন্না লাউরুই, শাওনা ইরুই,

লাইরিক পুথোক্লবা মতুংদা ঐগী মরমদসু করি করিনো য়াম্না হায়নখি। অদুবু হৌজিক ফাওবা ঐহাক শাউদুনা লৈরিব্রা হায়বদুদি ঐ হায়বা ঙমদে। পুন্সিদা তিন্নবা অমদি এক্সপেরিয়েন্স য়াওদ্রবদি থবক খূদিং মায় পাকপা ঙমদে হায়বসি ঐগী থাজবনি। হৌজিক্তি সমাজসিদা লায়না তৌবা য়াবা থবক অমৎতা লৈত্রে। মোৎ অসিদা য়ুম্ফম ওইরগা হন্দক পুথোক্লিবা শৈরেংগী লাইরিক অসিদা ঐগী ৱাখল য়াম্না থাদখি।

চহী চুপ্পা অখণ্ড অহে কয়া, অইবা কয়া কোইনা চৎতুনা উন্নখি। মখোয়গী সজেশন, পাউতাক কয়া খঙজিনখি। মণিপুরগী হৱা-নুংশিৎসিদা মণিপুরগী সাহিত্য, শৈরেং করম্না ইগদগে? কবম তৌগদগে? শৈরেং হায়বসিবু কবিনো? তম্ভনা হংজখি। পাউখুম পুম্নমক তারুরগসু ঐগী হান্নদগী লৈজরকপা জ্ঞান অদুদগী ইচাউ চাউথোকপা ঙমদে। "শৈরেং হায়বসি অকরুবা ঙমখে য়াৎলগা অসুম্না তৌগদবনি হায়বগী লো লৈতে" হায়বসিদা ঐদি চেৎনা থাজে। অথিংবা থম্বা সাহিত্যদা ঐদি পুক্নীং চঙবা ঙম্লোই, ঐনা ইনিংলিবা, হাযনিংলিবা, ঐনা পেন্দ্রিবা, শাউনিংলিবা, ওইহন্নিংলিবা মযামদু শৈরেংদা নৎত্রগা ৱারীমচাদা নীংতম্না পুথোকপা দরকার ওই। হৌজিক সমাজ অসি কবি ওইরিবগে? মীওইবশিংসি কমদৌরিবগে? কন্নানসু পাউখুম পীবা ঙমগদবা মান্দে। সাহিত্যসু অদুমঙাই। হৈ-শিংনা পুথোকপা পুথোক্তবা হায়বদুদি অইবা মশা মশাগী ওইজগদবনি। মসি হায় হায়দুনা ঐনা ঐগী শৈরেংদা য়াম্না নীংতম্বদি নংচদে। শৈরেং ইবসি হৌজিক্তি ওন্থোক্না কিজবে, হান্নগা মান্নদ্রে, থা অমদা শৈরেং অমা ফাওবা ইবা ঙমখিদবা য়াওই। হন্দক্কী লাইরিক "কংশিনথ্রবা মীৎকী পি" ঐঙোন্দদি পুথোকপদা শাখিনা ৱাখিবা লাইরিক্নি। মসিমক্তসু লাইরিক অসি ১৯৯৭ তা ফোঙখিবা "ঐ খুৎলায় পায়দে" দগী চহী অহুম কান্নবগা পুথোক্লিবনি।

## মতেং পাংলকখিবশিংগী মফমদা

লাইরিক অসিনা খুৎই ওইনা লৈরিবঙৈদা ঐগীদি নুংশিজববা ইবাই. কবি য়ুমলেম্বম ইবোমচাদা অরানবা অশোয়বা খবদং ওইববসু হায়বিরক্তবা থমজক্কই। ঐঙোন্দা শেমদোকচন্নগী খুদোং চাবা কয়া পীবীরকখি। লাইরিকসিদা য়াওরিবা শৈরেং "মেনকাগী শাথোক" (লাঃ ৩৩) ইবাই ইবোমচানা মমিং থোনবীরকপনি। লাইরিকসিগী প্রুবসু ইবাইনা অচিনবা থিদনা ককপীবনি। ঐনা লাইরিক অফোঙবা খূদিংগী ইবাই ইবোমচা চেন্নদবা যাওদে। ইবাইগী লম্মলদি ঐঙোন্দা তোনশিঞ্জবতনি। মকুওইবা অমনা কবি থাংজম ইবোপিশক্তসু খুৎই ওইনা লৈরিঙৈদা কুপ্না পাবীদুনা বনানগী অরানবা কয়া চুমথোক্লকখি।

অহেনবা, হঙ্গিনবা রাহৈ রাতা কয়া লৌথোকপীরকখি। ওজা ইবোপিশক্কা লাইরিক্কী মমিংসু "কংশিনখ্রবা মীৎকী পি" হায়না থোন্নবা কন্না হায়বীরকখি। হান্নদগী মমিংসি ঐনগা খরা পামজবগা পান্না থোঞ্জখিবনি। ওজা ইবোপিশক্কীসু অচৌবা লম্মল অমা তোনশিল্লবনি। শৈরেং অয়াম্বদি রেদিওদা, সাহিত্যগী জর্নেল মখল কয়াদা, 'পোক্লফমদা' কবি সম্মেলন কয়াদা হাপখ্রবা, লাম্থোকখ্রবা ঙাক্তনি, নোহাখোল (য়ুবেম্বম) না ফোঙবা শৈরেংগী এন্থোলোজী "নোং-ও চুথরো" দসু শৈরেং খরদি হান্না হাপখ্রবনি। মসিগীদমক মরী লৈনবশিংবু থাগৎচরি। লোয়ন-লোয়ননা, ঐবু নুংশিবীদুনা, ঐগী সাহিত্যবু থাগৎপিদুনা শেলগী মতেং পাংবীরকখিবা তামো এস. রাজেন সিংহ (ইকাইখুম্নজরবা মন্ত্রী), নুংশিজরবা তামো, মনিন্দ্র কোঙ্গম (সনথোঙগী এদিটর) অমদি তামো চিত্তরঞ্জন ওইনাম (এডভোকেট) অহম্মুসু ঙমখৈ লৈতনা থাগৎচরি। অরোয়বদা, লাইরিকসিগী মখুম য়েকপিরকখিবা, লাইরিকসিবু নম্বদা অচৌবা থৌদাং লৌবিখিবা ইয়াম্বা পুন্নমকপুসু থাগৎচরি।

*ফেব্রুয়ারী ১ ২০০০ ইং,*

লমদেং

*থৌদাম নেত্রজিৎ সিংহ*

## মনুংদা য়াওরিবশিং

# উপায় মাঙবা

পামজবদি
অয়ুক্কী শংবান্নরবা অতিয়াগী মায়থোঙদুনি
ওইরিবনা
অহীংগী ঙংলিবা নোং মপৈ মপৈদুনি

পুন্সি
করিসু ওইবা ঙমদে হৌজিক
লানফম খুদিংগী থোঙজীন্দা
নৈহৎপিরবা লানফা ওইরুবা নত্তনা।

অদুনা
অমম্বতবু ঐনা পামজনা কোনশিঞ্জে
মতম চুপ্পদা
ঙাইবা ঙমদ্রবা অয়ুক অমগী মঙলান্দা তাউথরদুনা।

মহিং
অশিবগী লূপ্পবা শেরফালাদা থাঙ্গৎতুনা
কোয়হা হারিবা
অমুক লৌথোক অমুক লৌশিন
থাংদোক থাংজিন তৌবদা মনাং তারবা।

করম্বা লম্বীদা ফীজি পায়দুনা য়াল্লরুগনি
কনাগী?
লোইবা নাইদ্রবা খোঙচৎ অমগী আশাদা

ঙাথু থেংথুবদুনা।

কবিস্ত্র তৌবা ঙমদে

অমম্বা মবকসিদা অসুম মাঙখিবা নত্তনা
ইশা ইথন্নতা ফাজিঞ্জবা ঙমদবনখৈ।

কংশিনথ্রবা মীৎকী পি/২

# অনৌবা মপোক

নীংতম্না পোক্লকপ্লবস্ ঐ
নঙগী গর্ভনুংদগী
অনম অহা চুববা বন্দীনি হৌজিক্তি।

শিংঙমদ্রবা লম্মন তোনশিঞ্জরবা, মিতমহল্লকপগী থবায়
অদুবু
তমথীবা মীনাই নাইথাংগী মতম ওইরম্লবসিদা
অমম্ববু লৈ পরেং ওইনা
শিজবসি নত্তনা নঙোন্দা
কব্বিবু ঙমগনি।

থম্মোয় খূৎতুম শীং, হঞ্জিন হঞ্জিন
থৌনা ফবা লান্মীনি খন
লাম্ফেংনবা চৎলবসু কোয়না
থাঙগী ময়ানা অসুম পঙশিল্লক্লবদা
নঙগী লাইবক্তা থেৎকে থৌবাংজবা পূর্নিমাগী থাজদুদি
মৈবুল ওইনা তাবকপা নত্তনা ইকোকথক্তা অসুম্মক।

শীংনববু ইথাদা চেজেৎনা কোনশিঞ্জবদুনা
অরোইবা শক্তিগী শূপচিঞ্জরবা পাঙ্গল ইরোইননা
মফম খুদিং অমৃতগী লম্মেল থিজক্কববসু
পূন্নমক মাযথিরে নঙগীদমক্তদি
মীনাই ওইনা শৈদাংলকপদুনা
থবায়বু মীরেমখাক ওইনা থম্বিরকপসিনা।

অদুনা হৌজিক্তি ঐ
মায়কৈ শলাই খঙদ্রবা শানি
ইশাগী ইজ্জৎ
ইশাগী ইতিহাস লৈত্রবা
পূমঙাও ঙাওরবা

হৌজিক
অমম্ববু মোনখাঙনদুনা
লানবু ইচিঙ্গাক ওইনা চাবা তাই
খুৎলায়বু নুংশিবা মরূপ ওইনা লোয়নবা তাই
মী হাৎপা তাই
ঈখেং থকপা তাই
অশিবগী পোৎলোয ঈশৈবু চীনফা পুরদুনা।

# খুন অমসুং হনুবী

খুন অসি হৌজিক্তি পুন্সম মমত্রে

মঙে নীক্লবী হনুবীসিখক্তনা
খুন অসিবু শঙলি,
খুন অসিদা
অনৌবা করিমত্তসু লাক্তে
অনৌবা অমত্তগীসু কান্নবা লৈতে
অদুনা
হনুবীসিনা তত্তনা লাউবি
মখোল খোক্তনা ঃ
"খুন অসি অমম্বা থব্যানমিচাক অমনি।"

অমম্বা মপাক মপাক চাবদুনা হনুবী
মিরাংগা লোয়ননা মহম হাইমিন্নরি
অতেক অকায়না থল্লবা খুনগী যুমশিংদা
যুমশিংগী কৃদা
কৃগী অমম্বা ফকলাংশিংদা

খুন অসি মিরাংনা পূমথল থল্লকই।

হৌজিক্তি হাযবা ঙমদ্রে
হনুবী অসি খুন অসিগীরা
খুন অসি হনুবীগীবা।

নোংমা
পৃমঙাল ঙাল্লম্মি খুন অসি
তাবা নাইদ্রবা নুমিৎ অমনা
মঙাল শল্লদুনা।

কাপথখি নুমিৎ অদু
মশক লাকশিনবা ঙমদবশিংনা
কাওখাযখি
খুনগী পৌবোল
অদুদগী
যুম খুদিংগী অচেৎপা পৌবোলশিং।

মনীং তল্লা শান্নখি
মখোযনা
খুনগী মনুংদা চঙদুনা
লৈবম লৈবম্বশিং
থোৎ নৌবিবীশিং
থোৎ নৌববশিং
পামজববা শান্নপোৎ ওইবদুনা
মপাই কাববা নিশা ওইবদুনা
নোইব নোইবদুনা
থাৎল থাৎলদুনা।

নুমিৎ অদুদগী অযূক অমুক্তসু লাকখিদ্রে
নুংথিল অনুক্তসু ওইবকখিদ্রে
খুনগী থোঙজীন্দা কনাসু লেপখিদ্রে
যুমগী থোঙজীন্দা কনাসু উখিদ্রে।

কৃ মনুংদা হিপহৌবা

মনুং লেল্লবা হন্নুবীদুদি
মখোয়না থম্বীরমই হন্নসু য়েংলমদনা।

হন্নুবীদি
খুনগী কোক্তোন্দা কাননবা হোৎনরি
অঙানবা নুমিৎ অমুক্তং ওইবা ঙম্লনবা
মশক লাকশিনবা ঙমদবশিংদু
অমুক্তং য়েংহৌনবা।

মমীৎ পাঙথোকলকপদা মহাক্তি ওইরম্লে
মিরাংদা থুরবা অপীকপা তীন অমা
মতম পূন্নমক্কী।

# অঙাংশিংগী লৈবাকসিদা

সহরগী ময়োলসিদবু
মফি মরোলসু অমৎতা শেৎতে পঙলাঙদা লাঙই
মশম মনাসু ইফা ফাই পঙনোক্তা নোকই
পঙচৎতা মচৎলি
পঙফমদা মফমই
ফজরবনি হায়দুনা থেল্ল থেল্লদুনা

হুইনবু মফি শেৎকদরা?
হৌদোঙনবু ইকায়বা খঙগদরা?

তশেংনা মফমসিদি
মঙদফাওবা মঙখিদ্রবা মঙলৈবাক্কি
নাতৈ চাবা শুপঙম ঙমদ্রবা
নাকোং মেনশিল্লবসু তাবা ফংলি
শোরেলগী মচাশিংনা নাহেরদুনা কল্পা
লৌশিনফম খঙদ্রবা অহীং কয়াগী।

মথোঙ হুকত্রবা অঙাংশিংগী
অমাংবনা পুমচাই চাইথোক্রবা
পুল্লবা
নমথিরবা
মদুগী মথক্তা নখোক্তুনা তুম্লরিবা

হুইনবু নমথিবা খঙগদরা?
হৌদোঙনবু তুকৎচবা খঙগদরা?

কংশিনত্রবা মীৎকী পি/৮

# মপোক মপোক

নঙনা পোকখি
য়ুরোপগী অকন্নবা লানফমদুদা
নুংগুম্লা কনশিনখ্রবা হিটলরগী মমাঙমক্তদা
উপায শৃক্লে লৈত্রবা জীউ ওইনা
অদুনা পৃন্নমক তুমহনখি
কনসেনট্রেসন কেম্পতা
নজাতি অমদি নশাগী ইকাইখুম্নবশিং লোয়নরদুনা।

অমুকস্ু পোকখি নঙ
বৃটিশকী চাউরবা খুবামনুংদা
মশক মচু থোক্ত্রবা লোইলম ওল্লদুনা
কপ্লিবা ভাবত ওইনা
তেংথারিবা ইজিপ্ট ওইনা
মখৌরী চরম মেৎলিবা লৈবাক মচা মচা ওইনা
অনৌবা সভ্যতা অমগী মঙ মঙলদুনা
খুবামনুংদগী চোংথোক্লবা থৌনা ফৃদোক্লদুনা।

করিগুম্বা মতমদস্ু নঙদি চেনশিল্লুই
করিমত্তা খঙজদ্রিবা অপীকপা নাবাগুম
হিংচা য়াইতমলিবা জাপানীজশিংগী মমাঙদা
কোবিয়াগী নৌজরিবী নিংঙোল ওইরদুনা,
নশাগী কায়াৎ খুদিং পেন্না শান্নহনখি
লৈখা তাহনখি
অদুগা নঙনা চেনথোক্লকখি খাঙঙমদ্রদুনা

অশিবা ওইনা
নৎত্রগা মীরোল্লবী, ওক্তবী ওইনা।

ঙসিদি পোক্লরে নঙ
কুইরবগী তুংসিদা তগৎ তগৎ তেক্কা
মৈত্রবাক্কী লৈমায়সিদা
যোৎহ্লীং থাংজিনবিরবা মীওই ওইনা
চীং অমদি তমশিংদা
নোংমৈ মক্কশিংনা হুঞ্জিল হুঞ্জিল পাল্লবা
চীংমী অমদি তম্মীশিং ওইবদুনা
অদুনা পুন্নমক কাউথোকখ্রে
নাৎসিশিংগী মীওৎ মানে
বৃটিশশিংগী মানাই নাইথাংগী শুপ্নম শাসন
নৎত্রগা
উকৃল্লক্তা নোংচুপ্পবা জাপানীজশিংগী লীচৎ।

চীংলোন মাপনগী মনুংসিদা
ঈ তপ তপ তারদুনা
চৈনাখোল খাওলদুনা নোংমৈ মক্কশিংগা
শুব থিংলি নঙ।

কদাইদা চৎখিগদগে নহাকপু অমুক
লোইবগদ্রা মৈত্রবাকসিদা
নশা পুম্বা পুংতুম তুম্না
তুংগী মপোক মুখৎলদুনা,
পোক্লগদ্রা
ঈনা থুম্লিবা টামিলশিংগী লমদমদুদা
মৈশা ফংলিবা পেলেস্টাইনশিংগী থম্মোয়শিংদা
নৎত্রগা

নৈহৎপিরবা অপীকপা জাতিশিংদুগী মথানুংদা
অনৌবা মপোকশিংগীদমক।

# হেলিকোপ্টর

লাকই মবী মবী
পাইরকই
চীংলৈবাক্কী অতিয়া ময়ায় চবুক্কী লম্বীদা
মখোয়না
অথেনপোৎশিং পুরদুনা
কৎননবা
ঐখোয়গী লাইবকশিংদা নৎত্রগা থবাকশিংদা
মৈ ইক্রবা নোংমৈ মন্দ নৎএগা বোম ওইনা
ইশা ইশানা য়াহল্লদুনা,
অদুগা ঐখোয়না
মঙাল যাওদ্রবা পোৎশক ওইনা
লৈমায়দা কেম্লনবা।

লাকই মবী মবী
ড্রুঙ ড্রুঙ
ঐখোযগী মঙালবু পূমফা ফাজিনবমখৈ
ঐখোয়গী নুমিৎপু পূমখন খর্নাজিনবমখৈ
থম্লমই অথেনপোৎশিং
চীংলৈবাক শীনথুংনা।

থম্না লাকই
হাওনা চৎখি
অতৎ অখম লৈতনা।

কংশিনখ্রবা মীৎকী পি/১২

মফি মরোল শেমজিনজবা গুমদবমখৈ
অঙাংশিংনা লাউ খোংই
হরাউবনা থুমহৎপমখৈ
মমশিনথ্রবা অতিয়াদা
শূপলেপ লেপ্তুবমখৈ,
পাখৎনা চিংশিল্লি মপাশিংনা
অঙাংশিংবু
নুমিদাং ওইখ্রে হায়দুনা
মখূৎ পায় পাযদুনা যুম মনুংদা।

অঙাংশিংনা চিংই লাউ খোংখিনবা
মপাশিংনা চিংই চঙননবা
লাউই
চিংই
খৌবী চিংবি শান্নবগুম

চীংলৈবাক্কী যুম খুদিং থ্রোক থ্রোক নোমদুনতা লৈ

অঙাংশিং চাউখকই
মপাশিংগা চিংন চিংননা
থ্রোক থ্রোক নোম্লিবা যুমশিংদা

মখোয়না খঙলকই
পাইরক্লিবশিংদু
অচৌবা মৈবুলশিংনি হায়বা
মৈ চাক্লবা অতিযাদা

মতম কুইনা অতিযাদা য়েংলক্লিবা মীৎশিং
ঈ চেল্লকই

অশাউবা পুম্নগী কুয়োম্না যোমশিল্লদুনা,
মপাশিংনা হাবাউই
কোনশিল্লি
মচাশিংগী থৌনানা মীৎকপ থোক্লকপদা।

মীৎকপ থোক্লকপদা
অংথনপোৎশিং থুংলৈ
পুন্নমক্কী লাইবক অমদি থবাকশিংদা

ঐখোয
মঙাল যাউদ্রবা পোৎশক ওইদুনতা লৈ
লৈমাযদা কেম্লবা।

# নিশা পাল্লবা অশিবা

নঙনা হঞ্জিন হঞ্জিন লাউ খো'লকপসিদা।
মযাই চমহল্লে
চাউথোক্লা হিংলিবা
ঐখোযগী আশা অমদি পুন্সিশিং।

মবেঙ মবেঙ চৎতুনা নঙনা
পুন্নমকপু লাকথুনবা হোৎনবক্লিবা
হিংচা যাইতগ্না
ঐখোযগী থবাযশিং'নাদি পেল্লা নোকথোরে
নিশা পাল্লবা
নাতে চাদ্রবা মাংখৈদুনা।

অদুনা অশিবা
ফি শের্থব্রলা তঙাংশিংনফাওবা নঙবু কিবক্রে,
নঙবু ফানীংদুনা।
তিংগোল্লক্লি মখুর্থশং
তফিং তফিং চেনশিল্লদুনা।

অমুকসু লাম্থেংনাখ্রলি
নমাঙদুদা নঙগী
থোনা ফনা লপ্লদুনা
অঙাংশিং আসনা
মবমদি
নঙনা মফম মতম খঙদ্রিবনিনা।

তশেংনা

নঙনা নগুণ শূকয়াও য়াওরক্তুবসিদা

পুক্লী তিংবমখৈ নোকথোক্লি ঐ

নঙনা পূমঙাও ঙাওরকপসিদা।

# দিল্লী
## (অহিংবা লানবল)

নিংথৌমচানুপী
চহী কযা নঙগী শুমহৎপতনা
কল্লকহনখি অদুগা মিতাহনখি অথৌবা কয়াবু
অদুদগী চেনশিল্লকখি
নহাক ভম্না
মথম্মোশিন্দা ইবাংগী মৈ হৌবমখে
অমগা অমগা অঙম তান্নবদুনা।

মনাং তাবমখে নৈহৎপখি
নঙগী থবাক
নঙগী ফিনুং
নঙগী মায়থোঙ
কোযলাম লান্নদুনা
কোয়তান তান্নবদুনা
অদুগা ইজ্জৎ হান্নবী
জ্ঞান যাওদ্রবী
অবেপ্পা শক্তম
মখোয়গী খোঙপাক মখাদা।

খুৎ হাইরমখি
বিদায় পীবমখি
শুর ফুইনা ফুইনা হোল্লদুনা অপেনবগী
হুমাং তৈথোক্লদুনা

অদুদগী মীৎযেং রাংমদা
মতম পুম্বগী।

ইজ্জৎ হাল্লবী
জ্ঞান যাওদ্রবী
চহী কযাগী মতুং
পোকথোবক্নে নঙগী শিযোম্নংদগী
নচা লীশিং লীশিং
লাক্ষ লাক্ষ
ফত্তবা
তমথীনা
কল্লক খস্নবনা
নখোংগী মমিশি অমাদ থবায় ওইনদুনা
মপা মশক খঙদনা।

কুমহৈ
নচাশিংগী কুমহৈ
নঙগী হৈ শিংলবা নচাশিং গী
লোইবা খম্বা লেত্রবা খুদোলশিং,

দিল্লী
ইজ্জৎ যাওদ্রবী নঙ
ইজ্জৎ যাওহল্লকই জ্ঞান তাহল্লকই
থৌনা যংগী বাহে নযা কম্মানা যোমশিনবিন্দুনা
মচু তৈশিল্লকই
ফিজোল থোননিবকই
লেপ্লা লৈত্রবা মতমগী ফিজংনুংদা
লোইবা নাইদ্রবা নচাশিংনা,
অঙকপনি

নহাক হৌজিক
নিংথৌমচানুপীগী মহুৎতা
মমাগী মহুৎতা
লানবল
চাউববা লানবল ওহোকখ্রে
খুৎহৈববা খুৎ লাক্ষ লাক্ষকী মখুৎতা।

নমীত্তা মৈবিগী মীৎযেং
নচীন্দা লানগী মৈখু
শুক্তোক্লদুনা
ঙংলদুনা

অদুদগী অমম্বশিং
অকিবশিং
লাম্লোঙ অমগী মথংদা লাম্লোঙ অমা
মাযাগী লানবল ওল্লদুনা
মাযাগী হিংচাবী ওল্লদুনা
অম্নুক,

শাংলবা নঙগী খুৎ ত্রিংথোক্লক্লি
মাযকৈ পুন্নমক্তা
ঈখেংগী ঈথৌলাংবা উৎলদুনা
শাংলবা খুজিলশিংদুগা লোযননা
হুগী ঈবিক কামথোক্তুনা
কোফপাই পাইবদুনা।

# অঙাঙবা মৈবুল

নীংতম্বা।

নঙগী নথানুংদা পেল্লা শাল্লজনীংই
নীংতম্না,
হিংলিবা পুন্সিসিদা অথিংবা অমগা যাওদনা
অদুনু
শাল্লজবগে খন্না চঙশিনজকবা নথানুংদা
অসুম অসুম লাপখোকখ্রি নঙদি।

তান্নজ নঙবু হীক্লা হীক্লা কপ্পুনা
অসুম্মক
মমল নাইদ্রবা নথানুংদা ওইনজনবা।

ঙসিদি লেপ্লবে ইমাঙদা নঙনা
অঙাঙবা মৈবুল ওইনা,
পোকখাইবক্তে মখোল হৌনা
তিনশিল্লক্তে
মৈনী ওইনা নঙোন্দা
কায়াং খুদিং ঐগী।

মিপাইবক্তে হৌজিক্তি
মীওইপোকসে তুমখ্রগদ্রা
নঙগা নক্লজরুবনা

কংশিনখ্রবা মীৎকী পি/২০

কৈদৌগদগে

নঙবু য়েরুবনি খন

লাপ্না চেল্লগদরা ঐ

পাঙ্গল পুম্বা পুথোক্তুনা

নৎত্রগা

নঙবু নুংশিদুনা মৈরী ওইনা চাকমিন্নগদরা ?

# মীশিংগী পুন্সি

মঙাল য়াওদনা তারিবা অশাংবা লম্বী অসি
মীশিংনা চৎননবনি।

কয়াম কুইরবনো অমম্বদা খোঙ থাংলিবা
মিহুল শুনদবমখৈ
অমগা অমগা খঙনদবমখৈ

থাংলি ঙসিসু

চৎলি লাল্লদুনা
নুংজাও অমগী মথংদা নুংপাক অমা
নুংপাক অমগী মথংদা নুংজাও অমা
রাখল মপুং ফাদ্রবা হকচাংশিং
পূন্না পূন্না কিশি কিমিন্নরদুনা,
ঙাথু থেংথুনরদুনা
তারিবা অশিবা চবুল চবুলদা,
শন্না মফৈগী থরাক থরাক য়াল্লবা অশি খোঙবু
মীৎতা শং শংনা উনরদুনা।

শংত্রিক শংত্রিক য়েংনরি
লাইবক লৈত্রবা রাখল ময়াম পূনশিন্নরগা!

নুংজাও অমদি নুংপাকশিংদা
হিংননবগী লাইরেল মথেক কোয়জরদুনা

কংশিনখ্রবা মীৎকী পি/২২

খোইরাংজরবা খোঙথাংদা।

পুমহাম হাম্লক্লবা মায়থোঙ
আশা লৈতবগী মচুনা শীন থুংনা তৈশিনবীরদুনা
চৎলি লেপ্তনা
অমগা অমগা খুরৌ থাংজিন্নরদুনা
শিরমদাইগী মিহুলদা।

লমথুংফম খঙদনা
তুরোই ঙাম্লোই চৎলিবা খোঙচৎ অসি
ঐখোয়গীনি।

# মাদর

মাদব
অতিয়াদা ওাল্লম্বা মীনুংশিগী থবানমিচাক
পুন্নমক কেনখ্রে
তাইবঙপানসিদা শান্তিগী পোৎ কবিমত্তা লৈহৌদ্রে
অদুনা
ঙসিদি মঙ ওক্লে
হিংবা নৎত্রগা তিংলিবগী শক্তম খুদিংমক,
নঙনা চৎখ্রবসিদা।

হাযবা ঙমদ্রে হৌজিক্তি
শেইনাইববশিংবু কোনবিদুনা কনানা কপকদগে?
লাইথুং পক্লবশিংবু কনাগী মথানুংদা শুমগদগে?
অবাবা তানবা
হিংসা চেল্লবা লমদমশিংদুদা
শান্তিগী পাউজেল কনানা চেনগদগে?

অদুবু মাদব
নযুম নলমদম ওইবা ঙমখি নঙদি
ইন্দিযাদা
জাপান্দা
অমেবিকাদা
যুবোপকী মফম খুদিংদা,
লাইথুং পক্লবা পক্লবী অমদি শোল্লবা থবাযশিংগীদমক
নুংশিবা মমা ওইবদুনা

কংশিনথ্রবা মীৎকী দি/২৪

নংত্রগা
কাঙলূপকী মৈশা নংলবা মফমশিংদা
শান্তিগী মৈরা ওইবদুনা।

খনফম খঙদ্রে মাদর
তুশোল্লবা, তুশোল্লবীশিংগী মীকপ খোঞ্জেল
য়াংখৎলক্রনি
মমা লৈত্রবা
ওন থোইববা মচাশিং ওইবদুনা
নঙগী মিসনরী ওফ চেরিটিদগী
পৃথিবীগী কাচিন কোণা খুদিংদগী
খোঞ্জেল য়াংনা য়াংনা।

মীনুংশিগী মহুত্তা হিংসাগী য়াংলবা
মৈ চাকখৎলক্রনি.
নঙনা পামদ্রবা য়াখল অমদি মূর্তিশিংনা
মথং মথং গোংমশিনখ্রনি
মাদর হাউস
নঙগী কালিকাতা সহর
নঙগী অমত্তা ওয়রবা পৃথিবী
নঙনা চৎথ্রবসিদা।

# লাকশিনখিবা

মপুনা হায়বা হায়রকুবা
চঙলকখি মখোয়
অমুবা হূইজাওশিং ওইনা
মরাল লৈত্রবা য়ূমশিংগী থোঙজীন্দা
যেন্নখ দা
কুম্মনলা মবৈ হা হা তম
য়ূম্বুশিংগী অপাম পানদগী রাংনদা
ঙাক শেন্ননবা য়ূমশিং

হূইজাওশিং কুপ্পনবনিনা
য়ূম খুদিংমক মরাল অনমমদি লৈবে
লানবা ঙমদ্রিবদি মবম অসিমক্তি
অদুনা
য়ূম্বুশিংনা শেয়দনমক্কী লেপ্তনা চাকথাক ঙাবা তাবি
অয়ূক
নুংথিল
নুমিদাং
মশা মশানা চাগদবা চিঙ্গাক্তগী

হূইজাওশিং,
মুবম্বদগী ভৌশ্রোক ভৌশ্রোক ভৌখোকলকই
নাপল তৌবকই
মাঙ্গোলগী ফমেলশিংদা ফল্লিবা
শাখিববা অহল ওইনা,

চঙখি মশোং ফল্ল ফল্লদুনা
মখোয় মখোয়না লৈত্রিবা ইমুং ইমুংদুদা
শোঙ্গুনরবা য়ুম্বুশিংগী মতৌ য়েংননবা

য়ুম্বুশিংদি লৈরম্মি
উনশাত্তনা শরূ কূপ্লদুনা
পদ্রাক পদ্রাক তারবা মশাশিং শেন্নরদুনা

ভূক্কৎচববা মশকশিংদু
ইম্বোক্লকই লাকথুবদুনা
চিকথৎলদুনা
উপায় লৈত্রবা জীব ওইনা কূপ্লুনবা
খোওজীন ব্লাংমদা.
অশেংবগী কৈজাওশিং ওনথ্রবা
য়ুমশিংগী মনুংদা চঙখ্রিবশিং অদুনা।

হৌজিক্তি য়ুম খুদিংগী মনুংদা
ভ্রুঙ ভ্রুঙ ঙংদুনা লৈগ্রে কৈশিংনা
য়ুমশিং অদুসু শাখিবা কৈ মাল্লক্রে।

মীনাই মপোক ওনথ্রবা
ইম্বোক্লক্রবা জীবশিংদুগী মমাঙ মমাঙদা।

# ময়াই কারবদা

কবিগীনো ঐনা
থাবু উবগা শীংননীংলিবা
কবিগীনো ঐনা
নুমিৎপু থম্মোয়নুংদা চেৎনা থাগোল্লীংলিবা?

পুম্নসিদা বসন্ত অমা যাম্না তোয়না লাকই
থাঙ তেনগী মতোনশিংদা
মৈবা পাং পাবং থাম্লদুনা
ঐগী লানবল থুগাইদুনা চঙননবা হোৎনবি।

অম্মুকসু
অমম্বা নোংলৈ মবোল মবোলনা
ইশা পুম্বা লৈতেংবিগদবনী
তান্নবাক্রি
নুংশিংকী মমাঙ থাবদুনা
থাক লাউবা পুম্নমক ওমশিন্দুনা,

চেল্লগদ্রা ঐবু
থাশি অঙ্গীংগী মথাদা কোনশিঞ্জবদুনা
নোংঙান্দ্রবা পম্বু, অমগী লম্বাদুদা
অশিবা মূর্তি অমা ওইরম্নবগী।

নত্তে,
লানফম ময়াযদা লেপচবা তাবি ঐদি

কংশিনথ্রবা মীৎকী পি/২৮

অহিংবা অমগী
মঙফাওনবা অমগী
শিববু কিদ্রবা লান্মী অমা ওইরদুনা,
অদুননি থাবু শীংননীংলিবা
নুমিৎপু থাগোন্নীংলিবা।

# ওক্তবী

## (মঙ অমসুং তাইবঙ)

ঐগী হকচাংগী মফম পূম্নমকপু
কোযপায পায়দুনা, কোয়মা মাদুনা শান্নবি
মোল্লবা নঙগী নশাগা থেংনহন্দুনা,
শুম্বিরি ঐবু
সংসাবসে কবিনো হাযবা কাউথোকহন্দুনা
যাই থাববা জীবগুম।

ওক্তবী,
হাযনীংদে নঙোন্দা ঋাইহেসিমক
মবমদি
ফজনা নুংঙাইবি ঐ
মীনা নুংঙাইবতব থিনৈ
(শুকপন পন্নীংদে অসিগুম্বা অকাম্বা ঋাইহে)
অদুনা ঐনা নঙবু
অসাবানি হাযনীংই স্বর্গগী।

শক্লিবা ঈশৈ (নুংশিবগী নৎত্রগা অকিবগী)
মবকসিদা
শন্নাং পুম্বা খোমজিনবিবদুনা
কযাদা পেন্না চীনচুপ্লক্লিবা নঙনা

পূমঙাও ঙাওরি ঐগী পুন্সি,

অদুনা নুংঙাইবা মঙলান অমগীদমক
নঙগী নথাবু কোঞ্জরগা তুম্নীংলক্লি নতম্বাক্তা
খোম্লাং মায়োক্লবিবা
পীক্লিবা নাবা অমগুম,

তুম্লি ঐ হাঙলবা নঙগী নথাবু কোঞ্জরদুনা

অদুদগী মঙ
ফাজ্জিন পুনশিনথ্রবা মঙ
ইখৌরি চরম ।মেৎলক্লিবা
(মীৎকুপসিদদি নুংঙাইরম্বা পুম্নমক অম্বাবা ওনখ্রে)।

তাইবঙ,
অশিবনা মায়োক্লবী ওইনা শেম্নহল্লম্মে
অকায়বা মুর্তি অমা এইহল্লদুনা
ঃমম্ববু গর্ভ পুহল্লদুনা।

# মেনকাগী শাথেক

মেনকা
পুন্সিগী লৃমথববা ৱাবীবু
কবিগী খঙদবগে নঙনা ?
শোকপা য়াদ্রবা
ইবাং থাংলবা নশাগী কায়াৎশিং
ইহাং হানো শাংকাইহল্লদুনা
চেগেই শাবিবা ইমাঙদা
কনাগীনো মেনকা ?

য়দি পীথক্লি তঙনা ঐবু
অশি মঙলান্দা তাউননবা
হু হাপচিন্দুনা
নীংথিবা শাথেক্তা,
অসুম মমশিল্লকই
অসুম মা গলকই
হায়বু মেনকা
ভইহবলবা ঐবু বাবী খৌদোক যাওদ্রবা
শেগাইদুনা তাবগদবা অমনবা ইতিহাসকী চেলা।

খোঙদি থাংলি
হিংবদি হিংদ্রে ঐ,
মচীন নাইববা নঙগী খুজীলশিংনা
থুম্না থুম্না থিনজিনবিববদা
অদুবু মেনকা
ঐ নোক্লি নঙণীদমক

কংশিনগ্রবা মীৎকী পি/৩২

পোখারি পামজনা
মমল য়াম্লবা নঙগী নুংশি খুদোলনি থন
ঐবু নুংশিনবগীদমক।

পামজনা ওন খোইরি
ইশাগী ঈ মরকসিদা
নঙগী পেন্ননবা,
করিগী ঙক্লুগনি অমুকসু
নঙগী তেঞ্জিনওম্না থৌরবা মীৎয়েংগী লম্বীদা
ঐনা মিত্রংগী খুৎলায় ওল্লিবা.
লোইশিনবিদ্রবা ঙৌরবা হকচাংদুদা
ইরাং শাগৎতুনা
শিংলি নাউরিগী ঈনা কংশিল্লকপা।

মুৎশি মুৎশি ঙাল্লিনা ঐগী থাউমৈগী মৈঙালসিবু
করম্বা মীৎকুপ্তা খঙতৌদনা মুৎখ্রগদগে?

# মীওইবা

নীংথিবা অযুক অমগী আশা তৌবিবা নহাকপু
ঙসিদি
পূমকোয কোযশিনবিখ্রে
মল্লবা অহীং অমনা,
অদুনা
অশিবনা মীৎকপ খঙথোক খোকলগুনা
হৌগৎলকই খোঙলৈ থুনা
শীংনবক্রি,
মংলৌবা থাখাং অমগীদমক
নঙবু কোযত্তান তান্নবি

মর্মশিনখ্রবা নঙ
মঙাল লৈত্রবা লম্বীসদা
মঙাল অমখক্কী রাখাল তৌদনা
নল্লকক্লবি অমুক
চাক্তুনা লৈবিবা নুমিৎকী শক্তধু

অমোং অকায
ংকুনদা
ওন-- থোইদুনা শাইদা ভকনা নঙগী
মঙালবু পামজনা তিংথোক্লক্লিবা নখং
চাকথেক্লবা যাই মীৎকপ অমদা।

# লোইদ্রিবা থৌদোক

(১)

মতম অসি কবি ওইরিবগে?
কনাগী লাইবক্তা কনাগী খোঙপাক্তা কাওরিবগে?
পাউখুম ফংদ্রিবা য়াহং কয়া কয়ানা
লম্বীগী নাকয়েৎ খূদিংদা লম্মাংনরি
কোনবিনবা লৈএবা লমজা শাবাগুম।

শকখঙদবা কয়াদুনদি তক্লনা হায়ঃ
"মফম খূদিংমক নুংঙাইবগী নুংঙাইবা ঙাক্তনি
কদাইদা কনাগী অরাববু লৈবগে?"
হায়না হায়না
যুংশিল্লক্লি মী কযাগী মকোক্তা
অঙাঙবা ফিবাল অমমম
য়ুংবগী লোইবা লৈত্রি
মীৎকুপ খূদিংগী হাইরি।।

(২)

ঐগী পুন্সি
নঙবু মপাল নাইদবমখৈ নুংশিজে
নঙবু নুংশিমনবদগী
কিরিবনি অশিনবু
মসি খঙনা খঙনা
ঐনা ঐগী পুন্সিবু লোৎশিনবা ঙম্লোই
চৎখিনি

থিংবা ঙমহৌদনা মীৎকুপ অমদা হেক্তা
কান্নফম খঙদ্রবা পোৎশক ওইরদুনা।

কংশিনব্রবা মীংকী পি/৩৬

# অনৌবা লাম্লোঙ

চনু রোজ,
নীংশিংবদা ৱাববা নঙগী মতমদুদগী
নঙগী শেংলবা উখ্রুলগী লৈমায়দুদা
শীংখ্রে
মপানগী অপুম অশানা থম্লবা নুংশিং।

নুংশি চান্নবগী মায়োক্তা
অধিকারবু খোঙনেৎনদুনা
নঙগী জাতি
নঙগী কল্চর
নঙগী পুন্সিগী নমথুাখ
অদুগা তিনাশিনাখ অমুবা ঈ
থোং লৌববা নঙগী শাৎকায়দ্রবা লৈনালক্তা।।

মদুনক্তা
লৈশাৎ তমদনা কেমখি নঙ
লমদমসিগী লৈমায়দা
অমুবা ঙাংগী খোঙয়া উফুনা ওইরদনা।

ঙসিদ
অপুম অশাগী নুংশিং অদো
শীংলক্রে লমদমসি শানবা থংনা
হিবক্রে
অমুবা ফীজোল শেংল শেংলদুনা

লৈশাং তমদ্রিবী অমদি তম্লবী কয়াবু
খুন খুদিংগী
য়ুমশিংগী থোঙ থীল্লদুনা।

রোজ,
নঙগুম্বী কয়া পুন্সি লোইখ্রবা
লোইবগদবা
হায়বা ঙমদে,
অসুম অসুম য়াম্লক্লিবা মখোয়বু উরগা
মিপাইদবা ঙমদে
পোমজরিবী অমদি শাংলিবী লৈনা লৈয়োলশিং
লোইনমক অমুবা পক্লগদ্রা?
লোইনমক হু চেল্লগদ্রা?
নঙগুম্না লোইনমক কেমখিগদ্রা?

# কংলা

ইতিহাসনা মথং মথং কীছরকপসিদা
নঙগী শক্তম্না মমি অসুম শামজিল্লক্রি
অদুবু মখোয়নদি
নঙবু নিংথৌনি হায়রি হৌজিকসু।
হেন্না ফজনবনি হায়দুনা
নঙগী নঙকশমদা
নরেংবান্দা
লেপ্পা লৈতনা য়ানশিনবিরি
নোংমৈ
বোম।

ম'শায়না চোংলক্রি
চহী কয়া
হরাও তযাম
কম্প্লেট ড্রেশ শেথাচনবিরদুনা নঙবু
খ্বাযদগী নীংখিববা নিংথৌনি হায়দুনা।

নিংথৌ,
সিংহাসন্দা ভ্যান য়াওদনা তাবি
নোংমৈ অমদি বোমশিংগী অন্দম্বদা
অনুক্তসু হাইগংপা ঙমদনা
কম্প্লেট ড্রেশকী ফীচোলনা
অকিবা শগুম ওইহল্লদুনা।

মখোয়গী ইকাইখুম্নবা নংত্রগা নুংশিবদা
মীৎকূপ অমৎতসু জ্ঞান লাকপা ঙমদ্রি,
পখ-পমথরকই অসুম অসুম
হিংনা হিংনা
ফম্না ফম্না
সিংহাসন্দা।

ঙসি
নঙগী লাইবক্তা
অমম্বনা পাকথোক পাক্না নপ্লি
শূক্ল মম্নবা অহীং ওইরদুনা,
তেংথারি হীক্না হীক্না
অবাপ্পাশিংগী থম্মোয়সনুংদা।

হৌজিক্তি
মখোল অমত্তং তাবা ঙাইখি
হৌনা পোকখাযরকপগী
মখোয়গী চাংযেংনা মায পাক্লবা।

# শান্তি

নুমিৎ থোক্লি

অদুবু করিগীনো নঙনা
 পাঙ্গল থোক্লা
থৌনা লৈনা
লাম্বা পাবা ঙমদ্রিবা য়েক্লবশিংগা?

য়েক্লদবা করিবু লৈরিবগে
কনানা কনাবু মীনুংশি পোক্লিবগে
হৌজিকসিদা
লানফম নত্তবা কদাইদা লৈরিবগে?

লানফম ঙাক্তনি।

ধর্ম্মদা নৎত্রগা শাস্ত্রদা হায়ঃ
"অচুম্বনা জয়
অঙ্গৎবনা জয়"
নঙোন্দগী হেন্না চুম্বা কদাইদা লৈবগে
নঙোন্দগী হেন্না ঙৗংবা কদাইদা ফংবগে?
অচুম্ববু নমথবীনবা কনা লৈগদগে
অঙ্গৎববু মাঙহন্নবা কনা লৈগদগে?

নুমিৎ থোক্লি,

নঙদি নশা শাগন হীক্তোক্লবা  উচেক মচা ওইদুনা
তাদুনা লৈ লৈমায়থকসিদা
মায়থীরবা লানফমগী।

কংশিনব্রবা মীৎকী পি/৪২

# স্বর্গদা, পাটালদা

লাইবক্তা মুৎপা নাইররোহৎদনি
অরংবা নুমিৎ অমমম থেৎচবা ফংলদুনা
চৎথি স্বর্গগী লম্বীদা

লোইবা খম্বা নৈত্রবা
মালেমসিগী
খুরবা মীৎয়েং
কল্লক খম্বনবা,
তাশোনগুম থিল্লকপা চৈফু চৈথেং কয়াগী
খাংলবা শম্বল নমথেক নমথেক্লমদুনা
মচীন্দা শান্তি লাউর-লাউরদুনা

মখোয় চৎথি
হিংবা হৈত্রবা কয়াগী
মশাদা পকলক্লিবা অমোৎপা নমথিবশিংবু
তৈথোক তৈথোকপিরমদুনা
মচু তাইফেৎ তাইফেৎ তাইরক্লবা
তুমশিল্লক্লবা কয়াগীদমক
মীৎকী পি শিষ্থ শিষ্থরমদুনা

মখোয়দি
শোয়দনা স্বর্গদা ফমফম চাউনা কল্লগনি
সনাগী থম্বাল মথক্তা ফম্লুগনি।

মপা মমা

মচীন মনাও মশক খঙত্রিবা

লাইগী মচানি খন্দুনা চাউথোকচরিবশিংসিদি

পাপ ওইবনি

নোরোক তাননি

পাটালগী লমদমদা পং পুম্নুরনি।

কংশিনথ্রবা মীৎকী পি/৪৪

# মণিপুর(১)

মণিপুর
নঙনা ঐবু চেৎনা পুনশিল্লে

নঙগী অশুকপা চীং পাৎ তুরেলশিং
নঙগী মীমান্নদ্রবা খুঙ্গং সহরশিং
মীৎয়েং অমদগী মীৎয়েং অমফাওবা
লাইরবা
অৱাৎপতনা থল্লবা।

মখোয় পুন্নমক্না ঐবু
কয়াদা পুক্নীং নুংশিহল্লিবা
মসিমক্না ঐবু কপহল্লি
ৱাহল্লি
পোলোইদা ঐবু ঙাওহল্লি।

ঐনা অৱাবশিংসিবু কৈদৌনুংদা থাদোকপা পামদে
অৱাবগী ৱাংমদা নমদুনা
নুংঙাইরবা আশা নৎত্রগা মঙ অমগী ফুরা শাগৎনীংদে
মদুনা মতম চুপ্পগী পেম্থোকপা ঙম্লোই।

মীওইবা পুন্নমক্কী নুংঙাইবা, চাওখৎপা আশাদি লৈ
অমগী নীংতম্বনা
অমগী অপেনবা পোকহনবসু ঙমই,
অদুবু

মীপাল তাংবনা নীংতম্বা ওইনা
মীবু নোকহনবা নুংঙাইহনবদি পামদে ঐ।

পৃম্নমকসিনা লৈতাহন্দ্রিবা,

লেঙভবা ঙমদ্রবা নঙগী লমহাঙ তুমহাঙশিং
মঙম শান্দ্রবা ৱাবী থৌদোকশিং
কয়াসিনা অম্নুক
পুনশিনখ্রে চেৎনা ঐবু
নুংশিবগী যোৎহলীং ওইনা
আশা কয়াগা লোয়ননা।

অদুনা ঙসি
নঙখক্তগী মীৎযেং ৱাখলদা
লুপচবতনা ইথৌদাং ওইদুনা
কপচবি
ঙাওজবি
নঙগী নুংশিবা চাম্মা চাম্মা কোঞ্জনদুনা।

# মণিপুর (২)

চহী নৌরিবা অঙাংশিং অসিগী
পুন্সিগী মরাল করিনো ?
মখোয়না করিগী মোংফমদা চৎখ্রিবা ?
কয়াম পামখিবগে মখোয়না
অশিববু,
মমাগী অমৃত গুম
নঙগী নতম্বাকসিদা।

মংগী লম্বীশিং
থ্রোক থ্রোক হোন্নে
থিংবা ঙমদ্রবা ইমাশিংগী মীৎকী পিনা
য়ানশিন্নরদুনা
পাথোরক্লবা মোংফমশিংগী ঈগা
পূমকেম কেন্নবা অঙাংবা গুলাপকী মচুদা।

হায়য়ু
কনাগীনো থোঙ হাংদুনা থন্নিবা
ইহাঙ হাঙলবা য়ুমশিংগী ?
নুংহিক্লনা কোক খুন্নিবী
আশা লৈত্রবী ইমা কয়াগী মীৎকী মমাঙদা।

করিবু তারিবগে নঙ
পূং ঝালগী শিথরবা খোঞ্জেল অসি নত্তবা ?
করিগুম্বা মীৎকুপ্তা তাখিবরনে

নৃংশিনবগী খোঞ্জেল
ঈং-তপ্পবা শান্তিগী ঈপাক্তগী হুমলকপা?
থাগৎখিবরা
পূকচেল মক্তবা কযানা
লোইনাইদ্রবা অতিযাদা নঙগীদমক
অঙৌবা খুনুগী মখোঙদা
কিশিনবিরদুনা
নীংথিববা লৈপবেং
পাইকনবা মতম পূম্বগী?

নত্তে
মওং লাকশিনবা যাদ্রবা অহীং অমনি নঙদি,
নঙগী শংবান্নবম্বা অতিযাদসু
পূমচু চুববা মৈখুনা।

## লোইবা নাইদ্রবা য়াউশঙ অমগীদমক

(১)

অঙাঙবা নঙগী অবেরতবু
পামদুনতা লাক্লি নারাশিংনা
ঐখোয় পুম্নমক্কা।

মঙ মঙই
পুংলুপ লুপশিনবগী অনেরনা
কোক্তা
লাইবক্তা
অদুগা ইশা পুম্বদা
অমগা অমগা চেনশিন্নদুনা
কোনশিন্নদুনা।

মঙ অদু মঙফাওনৈ ঙসি
চীংদা, তমদা
অথাপ্পদা অনকপদা
তৈনরি অবের পুময়োম য়োমশিন্নবমখৈ
লোইবা নাইদবমখৈ থীংলদুনা।

চীংমীশিংগী কোক্তা
তম্মীশিংগী কোক্তা
নারাশিংগী কোক্তা
কয়াদা থুমহৎনা য়াওরল্লিবা
লোইবা নাইদ্রবা য়াউশঙ অমগীদমক।।

পেন্না তৈনরি অবের
লেপ্পনা শাৎতোক্রক্রিবা লানফম অমগী
লৈরাং লৈনা থেৎল থেৎলদুনা
অশাওবগী ফীজোল থোল্লদুনা
অবেরনা থূম্না য়াওরিবা হকচাংশিং নকশিন্নরদুনা
কোনশিন্নরদুনা
নুংশিনবগী ঋাংলবা ধর্ম্মগী ঋাংমদা
লোইবা নাইদ্রবা য়াওশঙ অমগীদমক।

(২)

ইরমদম,
কয়াদা নীংথিজরবা নঙ
নশা অদো পূমঙাঙ ঙাঙজরদুনা
য়াওশঙতা ওইরবা মফমসিদা
ফী হোংলবী শক্তমদা।

শান্নজরো পেন্না
বসন্তগী শাথেক জগোয়দা
অবেরনা শাৎকায়হল্লবা
অঙাঙবা থম্বাল ওইনা।

(৩)

অহীংসিনা
কয়াদা খাঙঙমদনা লেপ্লিবা
মঙলাক্লরবী অমগুম,

নঙগী পিথক্তনা লূপশিনবিরবা
চীং অমদি তম্ন
মশক হোংলক্লে

অবের তৈনরিবা মখোয়খক্তনা নেৎশিনবদা।

হাইগৎপা ঙমখিগদ্রা নখূৎতুনা

মঙালগী ইন্নফি

নোংঙানবা অমগীদমক?

# ব্লাহং

তাইবঙপান
নঙগী পনখৈ নাইদ্রবা নুংঙাইবদা
থৌনা লৈনা হিংগে খনজবম্বা ঐ
অকিবশিংনা ঙসিদি
কযাদা পীকশিনহনখ্রবা
অপিকপা জীব ওইনা,

মঙালগী লম্বীনি খন্না নঙনা পামজখিবা
পাক চাউববা লম্বী কযানা
অমুবা লিনশিং ওইনদুনা
মযা কাথোক কাথোক্তুনা
কোযশিল্লক্রবদা
থৌনা নৎত্রগা আশাগী মঙ কদাইদনো নঙগী।

# নিংথৌনি ঐ

অঙাংশিংনা হায়ঃ
"উচেকমচাগী থোপতি য়াম্না হাউই"

উচেক মচাশিংবু ফায়
কোয়তান তান্নরগা নারক মোংশোঙদা
মখোঙ মখূৎ ঈ থোকপমখৈ

মেৎতুনা হাৎতোকই
মৈদা লৌই
অঙৌবা থোপ মচেৎকীদমক
মদুগী নুংঙাইবা খক্তদা।

ইচানা হায়ঃ
"পাবা,
উচেক মচাশিংগী থোপ চাবা ওক্লে
মীগী থোপ চাগে"

ঙুং ঙুং ঙংদুনা লৈ ইচানা
মঙলাক্লিরি ঐনা,
ঙংবা হেনজিল্লকই নাকোং শিংজা য়েনমখৈ

ইচাগী অপাম্বগীদমক
অরৈবা পাঙ্গল শীজিন্নরদুনা
শেলনা লৈ মীশিংগী থোপ

শেলনা কৌই মীশিংগী কোক
অদুগা পীজে ইচাদা
হনগায়দুনা পীজে।

হয়াওনা নোকই ইচানা

কনিস্ হায়দে অরৈবা মীশিংদি
তাবি লৈমায়দা অশিবা ওইনা
মবমদি
মখোযশিংদুগী মরক্তা নিংথৌনি ঐ।

# লৈ নথ্রেগা মৈ

ঙাঙলিবসি
লৈনি হায় ইমানা
ফুগায়না শাৎকায়রক্লিবা
শীন থুংনা।

ঐনা হায়
লৈ নত্তে মসি মৈনি
য়াঙনা চাক্লক্লিবা
পুংতুম তুম্ননবা

ইকোক কোক্লবা চীংলবসিদা।

তত্তনা খংনৈ ইমাগী ঐগা
অঙাঙবসি
লৈ নথ্রেগা মৈনি হায়দুনা
ইহো হোববা য়ুমাসগী মনুংদা
মমা মচানি হায়বা কাউথোক্লনখে
অথীবা অমদি অকাপ্পা ঋর্হৈশংদা।

মঙ অসি অসুম্না হেক্তা লোইশিনখি
নুমিৎ থৃদংগী।

# নুংশিবা অমদি ইকাইখুম্নবগী মরকসিদা

ঐসু খঙই নুংশিবা
নঙগী নীংথিরবা থবাক্কী শুমহৎপদুতনা
পঙথহনবা যাই
অহীং নৎত্রগা নুংথিল কয়া
নুংশিবগী লম্বীদা
নুংশিবা ওইহন্দুনা ঐবু।

শাম্বকপা পি মবাক অমখক্তংনসু
শুম্না যাই নতস্বাক্তো
পোকপা কুইদ্রিবা অঙাং অমগুম
চহী কয়া
হকচাং পুম্না শোয়হল্লদুনা।
লুবিবদি
ফম্মিন্নবিবা নঙ —ঐ
অশোৎপা অশাতনা থল্লবা চীংমায় অসিদা
নুংশিবখক্তনা যোমশিল্লদুনা

অদুবু ওইবক্লবসিদা
থা শুবরী মৈগী চীং
মীৎকুপ খবগী তুংদা পোকখাযবক্লগদবা
হীংসা অমদি লানগী মৈনা
গর্ভ পুবদুনা।

হোংবা লৈত্রবা মঙালগী মীৎফম্না

কংশিনগ্নবা মীৎকী পি/৫৬

অমুবা হু চেনবমখৈ শংত্রিক য়েংলক্লিবা
মফমসিখক্তদা
নৌহৈনা অমুক

করি খনগনি ঐ হৌজিক

পঙথখিগদ্রা
নুংশিবা মদুগী কখোকপনা য়োমশিল্লদুনা
নঙগী ফজবদা ঙাওজবদুনা,
ঙাইরদুনা
অশিবা অদুতগী ফীজোলনা থুংনা কুপশিনবিরকপা
নংত্রেগা
ঙনগদ্রা তৌব ঙম্বা শাহিং চাবা
নঙগী ব্রাখলগী ব্রাংমদা
অচিংবগী মকনদা লীচিংদা
অশিনবু শীংনবদনা।

চংনবী,
চিংবা অমদি শিবখক্তগী
পীক্লবা লম্বাসিদা
কয়াদা লুপ্লবা পোৎলুম্লো?
মীওইনা পোক্লবনা
নুংশিদবা ঙমদে নঙবু থরাযওম্লা,
মীওইনা পোক্লবনা
শীংনদবা যাদ্রি অকিবশিংশিবু
থৌনা লৈনা।

করি খনগনি
নুংশিবা অমদি ইকাইখুম্নবগী মরকসিদা।

# কংশিনথ্রবা মীৎকী পি

ইমানা ঐবু মথানুংদা চেৎনা কোনশিল্লগা হায়ঃ
"ইমাগী ইবুংঙো
নঙ হৌজিক অপীকপা নাবা ওল্লো
মতমসিদা নঙ কবিমত্তা খঙদনা
অপীকপা নাবা ওল্লো"
ঐসু যাই
ঐগী ইমানা হানর্বনিননা
ঐ
ইমাগী মথানুংদা অদুম লে।

অহাং
খুৎলায় পাযবা সিক্লাই ময়াম নাকত
থোঙ নমখাযবকই
ঐবু চিংথোকই ইমাগী মথাদগী
সংগীন্না থিল্লি
খোঙপাক্লা কাওই
ইমাগী মথানুংদা লোৎলম্বগী
ঐবু মীবোৎনি হাযদুনা।
ইমানা তেংথাই
অপীকপা নাবা অমগীদমক
যে হৈদ্রবা ঈ শিংদুগীদমক।

• থিল
কষ্টদা উপ্পা তাবিবা ঐগী শক্তমদা

তেংথা নাওইবিবা ইমানা হায়ঃ
'ইমাগী ইবুংঙো
ইথানুংগী ইচানা কনাবু হাৎলুবগে
কনাবু ইজ্জৎ মাঙহল্লুবগে
করিবু হুরাল্লুবগে ঃ''

নোক্তমক নোকখি ঐ
ঈ মরক্তা
মৈ মরক্তা
পূমকায় কায়রবা ইমাগী রাহংদা।

হৌভিক্তি
নোংমৈ গুলীশিংনা লৈ ওইনা থীকপিদুনা
ঈথেংশিংনা কীজোলবিরবা ঐ
মোংফমগী শয্যাথকসিদা নীংখিনা য়াতারি
অমম্বগী মরোল মরোলগা লোয়ননা।

তুসিদি
লেপ্তুনা হায়রনি থৌনা নৈনা ইমানাঃ
'ইবুংঙো নঙ
'অপীকপা ন'বা ওইয়নু
ঐগী য়েরুনা ওইবো
ঐগী তমথীবা য়েরুবা''!

তৈথোকচরদুনা মীৎকী কংশিনগ্রবা পি।

# লান

লান,

অহিংবা কযাগী ঈ থকচিল্লি
অমুক কামথোকই
ঈতনা হোন্নবা লৈমায শেন্নদুনা
নঙনা লৈযোন্দুনা শান্নে।

যুগ কযা
মীবোল কযাদা
ইতিহাস কযা খোঙনেৎনন্দুনা
মনম মনম নেৎশিল্লি
খোঙপাক অমগী মথং দা খোঙপাক অমা
সভ্যতা কযাদা
মশোয়না
মমীৎ মনা লৈক্রক চৎলদুনা
অশাবা নুমিৎকী মখাদা তাদুনা লৈ।

নঙগী থাংজনদ্রবা
লুপ্পবা খোঙথাংশিং অসিনা
কাচিন কোযা মফম শীনবা থুংনা নেৎশিল্লক্কুনা
মমীৎ মমায মফম খঙদলমখৈ
লৈতেম মান্নত্রি
লমদম কযা।

পুমহীক হীকথজববা লৈবাক কয়ানা
মতম চুপ্পগী শোইনাইবদুনা
মতমগী লৈবোলনা ফুর্মাজল্লব পা ঙাইবি
অশিবগুম লেঙদনা।

থক থক নীঙ্কুনতা লৈ পৃথিবী
মীৎকুপ অমৎতা পোথাবা ফংদবমখৈ
নঙগী মীওৎতা।

কনাগী শিগোম্মুংদগী
মপূং মবৈ ফাবদুনা খোঙদাবকখিবগে নঙ
পৃথিবীগী লৈমায়দা?

যেন্নী থা চাম্ম চাম্মগী শক্রোন পুবিবা লমদর্মাশিংদা
লর্মাজিংবীবকখিবগে কনানা
লাক্ল যানবা ঙমদনা?

মুখৎপিখি পাঙ্গল থৌনা
হাপ্পীখি
কোকপা ঙম্নরোইদবা চৈনা
ঐগী পুন্সি অমদি লাইবক্তা

নঙোন্দগী হেন্না তমথীবা অমনা অমুক।

# মঙালগী লমদমদা

মমম্বগী মবোল মরোলগী মরক্তা শাৎপা
অঙাঙবা ওলাপ্পা
ইমীৎ অনী অসিবু মতম পুম্বা খনজিন্দুনা
কোইচিং চিংবিবি ঐবু
মখোয়না শীন থূংনা শাৎপা লমদম কয়াদা।

মখোয়না শাৎলম্বা লমদম কয়াগী লৈকোন্দি
ওইনম্লে মাংফমগী মোংফম ঙাক্তা
মাংৎ অকুপ নাইববা
চেনবা ওম্লবিবা
অশিনবা মীশিংনা ৎেংথা নাওইবিবা।

অমম্বনা পাকশিনখে হায়না ঐ থংই

মফমসিংগী লোপা চেপ্পোকচবা ওম্লবদি
অমুক্তে মঙালগী লমদমদুদা
খন্দনগা লৈ ঐ।

ঐগী অপাম্বগী মায়োক্তা
শুম্লিবানা হায়দুনা ঐনু
হৈংবনকই ইয়াদা
অঙাঙবা ওলাপশিংগী অতৎ অখম লৈত্রবা লৈহী,
ঐগী ইপাগী মোংফম মথক্তা পোখাহল্লদুনা ঐবু
মঙালগী মশেক অমত্তা উথিদ্রবা
ঐগী ইপাগী মোংফম মথক্তা।

কংশিনখ্রবা মীৎকী পি/৬৪

কিবনা ইশ.পুন্না থক থক নীক্লবা ঐ
অরোহবা পাঙ্গল খৌনাদা লাউরদুনা
চেম্ভোকচরকাখ
ইপাগী মোংফমথক্তগী
ইমাগী মোংফম
শাগৈ নাতৈগী মোংফম কান কান্দুনা
মণ্ডাল অদুবু অমুক্তং উজরবদি।

মণ্ডাল
ইমানা হেক পোক্লকপদগী নীংজদুনতা লাকখিনা,
নঙগী লৈমায়থক অসিদা
ইখোঙনা খোংনা খোঙদাজরকপর্দদি
নঙদি
মরুভূমি ওইরম্লে
মশাবা নৈরীতনা গক্লবা
(অমম্বা মরুভূ। মীংতা শং শংনা উখিবা)।

ইখোঙ ইখুংসি কয়াদা খুনা চাকথেক্লক্রিবা

শানা অসুম হেনগৎলক্লি
মণ্ডালগী নুমিৎ
মখাৎ মনা লংখৎলদুনা

পামজবা লমদমসিদা অহোংবা য়াওদনা ঐ
লৈজবা তারি ইতোঙ তোঙখৎলদুনা
কাথেক্লবা মোংফম ওইরদুনা
অমম্বা লমদমগী
ইপা ইমাগী মোংফমশিংগা অমত্তা ওইনা।

# জহেরা

জহেরা
চৎনবীগী শাফু কল্লবা শহুম মবক্তা
লেপখি নঙদি ইপঙ পঙজবী ওইনা
মমাগী ফিজীদা য়াম্নবিবা মচাগুম

পামজনা থিনখিবা
নঙগী নীংথিববী লায়বক্কী চন্দম্না
ওইহল্লবদা নঙগী যেরুবা
নঙগী শাগে
নঙগী কাঙলুপ্পু
কয়াদা পূকচেল পিকপনি খনখিবা
থম্মোয়গী মিহুল শুদবমখৈ।

অপাম্বা কযানা নঙগী খোঙদা য়োৎহল্লী, থার্গজল্লকখি
কাঙলুপ নাইবগী মৈবীনা
মৈরায়বকখি নঙগী থোৎ নৌববী থম্মোয়দা
ইঙাও ঙাওজবী নঙোন্দা
থৌববা মীৎযেং কযানা যেংলকখি
মদুমক্তা ওইহনখি
নীংতমদ্রবী।

জাৎ বিজাৎকী রাংলবা পলবু নমখায়দুনা
শান্নগে খল্লুবা নঙনা
নীংথিববা লৈকোলগুম

কংশিনক্লবা মীৎকী পি/৬৬

খঙজরে
তিঙখং তুম্মৌতনা পীক থল্লম্লে হায়বা।

পিক্রবা কাখলগী
ঐ, মা হায়বা খূরবা মীৎয়েংদা
অসুম অসুম ওইহল্লক্রে
পামজবা পুম্বা থাদোক্রক্লবী।
জহেরা
লোন্না লোন্না শিম্থখিবা
নঙগী মীৎকী পিবাং মবক্তা
শিম্থরক্রে নঙগী নুংশিবা
নঙগী থধায় ওইরিবা কুঞ্জো
পিবাং ওইনা
নথম্মোয়দা চেৎনা ফাজিঞ্জবা গুমদনা।

করম্বা নুমিৎতা মাগী মথাদা ওইনজবা ফংখিবগে নঙ
নীংতম্লা?
শুপ্নতংগী মাগী রাখলদা
কায়রবা আশা অমদি মঙলান
নকোকথক্তা হাপচবা নত্তনা।
জাৎ বিজাৎকী রাংলবা পলবু
অশেংবা পুক্নিগী য়েক্রবনি খল্লদুনা
লুকথদুনতা লৈখি নঙ
মায়থীরবা লানফমগী মায়খোঙ ওইরদুনা।

অমম্বগী থারবা থাকন মরুমদা
নিন্দা তৌজদুনা নঙগী পুক্নিবু
মখোল থোক্লা কপ্পুনতা লৈখি
পম্বুং লৈররোইদবা নঙগী নুংশিবগীদমক

জহেরা

মদুমক্না নঙগী পূন্সিবু লম্মখাংদা কেমহনখি।

নুংশিবদা নথন্নতা বন্দী ওইজরবী

নঙগী নুংশিবগী পিরাংগা

নঙগী নীংথিজরবী হকচাংগী ঈগা

তোংশিন্নখি

নঙগী জাৎ বিজাৎ নাইরবা লৈমায়দা

অমকপা ইতিহাস ওইরদুনা।

# খুঙ্গ

ঙাল্লিবা মঙালসিদা
হঙ্গৎনসু অমুক্তা য়েংবা ঙমদে
মতম পুন্নমক্তা শূকথ তূকথদুনতা লৈ
অদুনা নঙগী তাইবঙ
মমি শামিরবা ঈপাক অমদা
অদুম্মক তাউদুনা লৈ।

য়েংউ
মতমগী নুমিৎনা
মশাদা মৈ হৌজরদুনা
শান্নরি লাঁলা
লোইবা নাইদনা
অঙম্বগী
শীংনবগী
ওইদবগী
মফি মরোল পুন্নমক লৌথোক্লুনা
নীংতম্না.
অদুগা য়েংলি ভাবকশিংনা
নুংঙাইখ্রবা ভাবক লীশিং লীশিংনা
মশাদা অরৈবমখৈ শেৎচিন ইনশিঞ্জরদুনা
মাঙ থাবা তান্নরদুনা।

ভাবকশিংগী মীংশিংদা
উখ্রে অওনবা কয়া

মায়পাকপগী
মাযথীবগী
মপূম ফারবা লৈ নাচোমশিং,
মহী লাঙলবা ঈখেংশিং।

অদুবু নঙদি হে খুঙ্গং
শৃকথবকই হেন্না
তুকথরকই অসুম
নিংথমথাদা ফমজিল্লবা উন মতৃম ওইনা।

# নোংঙাল্লকপা ঙাইবা

অমম্বা মরক্তা মশীং খঙদনা
লংশিল্লক্লিবা মচীন নাইরবা অকিবশিংনা
নঙবু পূমকোয় কোয়শিনগ্রে খঙলবসু
নঙক মচা অদুনা ৱানা থাঙ্গৎতুনা
শান্নজরি মরূপ,
অতিয়াগী মশীং খঙদনা থোক্লিবা থবানমিচাকশিংগা
শুপ্পখক্তংগী মঙালগী ৱাখল অদু ঈরোয়নরদুনা

নোংঙাল্লকখিনি হায়বগী লেঙদ্রবা আশাদা;

মচু তরেৎকী
ফজরবা চুমথাং মখোঙ থিরুন্নবগীদমক
খীং খীং লাউদুনতা লৈরিবা নাৱাগী ৱাখলদা।

# করি শৈরেং ইগদগে

কবি
নঙগী ঙৌববা চেবাংথকসিদা
কবি শৈরেং ইগদগে হৌজিক
তাদুনা লৈববা কলম অসি পাযখত্তুনা?

পুম্নিগী মবমদা শৈরেং ইযু
পুম্নিগী মবমদা

পুম্নি কযা
তাদুনা লৈবি
ওক্কেবা ওক্কেবী ওইনা
মশা মশাগী কাযাং খুদিং পেন্নবলগা
ঙাক্লবা কাণী
থোক্লবা ফম্নুং শিংদা
নিথৌশা মনাং অনী অনীদু যেক্নে যেংনবদুনা
মতং লোবকপা মাংকুপশি দা
ইংদ্রগী পেন্নবা কবি থৌখিসিংগী খল্লবদুনা

পুম্নিংগী মবমদা কবি খল্লী, ঙাই লৈবিবগে?

ওইজবা খিবগী ঙমখৈ ঙমখৈদা ফম্নবদুনা
মশক নমিং শুকগে, যেংনদবমখৈ
লাযনা পক্লবা মশাশিং
কীক্লবকপা ঙাইজবিবা

কংশিনখ্রবা মীৎকী পি/৭২

অহাওবা চিঙ্গাক ওইননবা,
পুন্সিগী শৈরেং ইগনু কবি
ওক্তবা ওক্তবীশিংগী শৈরেং পানিংদে
ওক্তবা ওইনীংদে
ওক্তবী লোয়নননিংদে
পুংপেন পেঞ্জরে ওক্তবা সমাজ
তাইবঙপান
ইশানা নৈদুনা শান্নরিবা।

থৌনা ফৰগী শৈরেং ইয়ু কবি

লায়নানা কীন্থরবা সমাজসিদা
মপান থোক্রক্তে অমম্বদগী
থাউমৈ পায়দুনা কনা অমৎতসু
মহিক ফাদোক্লনবা,
থাঙ পায়দুনা লেপ্লবদি লায়রদনা
য়ুমশিং অসি মী লৈ হান্নবফাও খঙদে,

শিনিংদ্রবা মীওইপোকশিং অসি
য়ুমগী কাচিন কাচিন্দা লাই নীংদুনা লৈনরি
মশা মশাদা লায়না য়োৌরক্তনবা
থৌনা ফগদবশিং

কদাইদনো হৌজিক থৌনা ফৰগী ৱারী,

করি ইগদগে হৌজিক
করি তৌগদগে
মরম অমৎতসু মপুং ফানা খঙ্ঘনিংঙাই লৈত্রবা?

অদুদি অশিবগী শৈরেং ইয়ু কবি

অশিবগী,
অশিবদি
মপুং ফানা শাৎকায়রক্রি
পূন্সি কয়াগী নাপ্পদা
শমজীদা
গুলাপ ওইনা
অশংবা থম্বাল ওইনা
ওইনিংবা মচুগী শমজীরৈ অমা হেক্তা ওইরদুনা
মোংফম অমদি পূন্সি মরী মরী শমজিনবিরদুনা,

কবি
নঙগী শৈরেং হৌজিক মপুং ফারনি।

# নীংতম্বা (১)

ঈ নাই ইতে তৈরবা লানফম অমা
মচু তাইফেৎ তাইনা খাওলি
মসিগী মনুংদা
অঙাঙবা নীংথানা য়োমশিন য়োমশিঞ্জরদুনা
পোকপা কুইদ্রিবা অঙাংশিংনা নীংঙাইদনা শান্নরি

অঙাঙবা নীংথা মরোল মরোল
অসুম অসুম য়োমশিঞ্জরি
মোংফমগী লম্বীদা চৎলদুনা

মসি খঙনা খঙনা
অঙাং কয়া লেপ্তুনা চঙশিল্লকই
লানফমসিদা,
মখোয়না খঙই
নোংমদি লানফম অসি
পূমশেং শেংলকখিনি
খ্বায়দগী নীংথিজরবী
নিংথৌ মচানুপী অমগী শকফমদা,
মখোয়গী নুংশিরবী মমা অমা ওইরদুনা
শোয়দনা নাউকোল্লকখিনি।

ঙসিদি লানফম অসি
চঙশিল্লকপা অঙাংশিংনা চল্লক্রে
ঈ নাই তৈ হায়বা

করিমত্তা খঙখিদ্রে
মশক উখিদ্রে

অঙাংশিংনা শান্নবগী
হরাউ মথোই কারবা খোঞ্জেল অদুতনা নিল্লে।

# নীংতম্বা (২)

পোকপা কুইদ্রিবা অঙাংশিংনা
অসুম অসুম চেনশিন চোংশিঞ্জখ্রি
লানফম্নি খণ্ডনা অমসুং খণ্ডদনা।

মখোয়দগী শীষ্করকপা নৌরিবা ঈখেংশিং
চেন্থখ্রি
লানফমগী নাক যেৎশিংদা
ঈগী তুরেল ওইনা

চেনশিনখ্রি
নীংতম্বা
ইতিহাসকী লামায়দা
নীংতম্বগী ময়েক ইরুনবা।

# অনৌবা তাইবঙপান

লেপ্না লৈতনা শাংলবা খুৎশিং তিংথোক্লকই
মচীন তুম্লবা খুজিলশিং থিনদোক্লদুনা
ওংলকই
অদুগা মখোযনা হায়বকইঃ

"মসি ঙাযোক চফুনি
ঙাশিংনা লেপ্তুনা শান্নবিবা
জীব মচাশিংগী তাইবঙপান অমা,
ঙাশিং অসি শোযদনা ফাদোক্লগনি
চাথোক্লগনি
অদুগা চফু অসি মাঙহনখ্রগনি
জীব মচাশিংগী তাইবঙপান মুখৎলগনি"

মখোয়না খুৎশিং অসুম থিংজিন্নক্লি
চফু মনুংদা
ঙাশিং ফাননবা
লেপ্তুনা ওৎখায়রক্লি

ঙা অমৎতসু থেংনদ্রে,

মমীৎ মনা শূকতোক্লদুনা
মখোয়গী মশা যাওনা চঙশিনখ্রি
অবোইবা উপাইদা
মথং মথং

কংশিনখ্রবা মীৎকী পি/৭৮

চফু মনুংদা,
মখোয়না চফুনি খল্লম্বা
চফু ওইরমদ্রে
ঙানি খল্লম্বা
ঙা অমৎতা লৈরমদ্রে

মরমদমগী লৈশা লৈরোন্দা
মরা তারবা
চাক্তাদুনা হিংলিবা
জীবশিংনা পল্লোন পল্লোন লেপ্তুনা লৈরমই
মখোয়বু থৌনা লৈনা থেংননবা
মোমোন মোমোন নোক্লদুনা,

মখোয়গী শাংলবা খুজিলশিংনা
হাইর হাইরদুনা থিনজিল্লুই
জীব মচাশিংগী লাইবক্তা
থম্মোয় খুদিংদা.

ঈ মরীক অমৎতসু থোক্লক্তে
চৈনাখোল অমৎতদসু লাউবক্তে
খুজিলশিং অদু অসুম মাঙহৌবা নত্তনা

মখোয় কিরকই
অমম্বগী শুরুংদা মঙলাক্লরবগুম
চেনথোক্লবা লাক্লরকই
মরী মরী য়ান্নরক্লিবা
জীব মচাশিংগী মখুৎতগী

মসিগী তুংদদি

অমুক হন্না থনখিদ্রে ঙায়োক চফূনি
চঙলদ্রে,
লাপ্না য়েংদুনা লৈ
জীব  মচাশিংনা নীংতম্না শান্নরিবা
অনৌবা তাইবঙপান।

# মৈগী চীং

নোংমৈ গুলীশিংনা
লেপ্তুনা কাপখায়বিদুনা কেলহল্লক্লিবা থরান মৈরাশিংসে
মোংফমগী লৈরোন্নুংদা
নীংতম্বগী ঈশৈ শকুনতা লৈবি
মৈগী চীং ওল্লদুনা।

মৈগী চীং লীশিং লীশিংনি

চীংশাং নাপোমশিংদা
তম্পাকশিংদা
খাংঙমদবগী মৈ হৌবদুনা

পোকখাযরক্লো মথং মথং
চাকথেক্লক্লো তুম্না
য়েক্লবশিং,
চহী লীশাং শীৎনা
লম্মল খুম্নিংবগী অপাম্বনা ঙাওরক্লবা।

# অচুম্বা

মতমগী পোৎথি পোৎকৃন্না চাংমুক ৰাংনা পৈশিনব্রে
মনুংদা করম্না লৈরমগনি হায়বা কনাসু খঙদ্রে

ইতিহাসনদি খঙই
সভ্যতানদি উই

তপ্না তপ্না ইনখৎলকউ
তপ্না তপ্না লৈখৎলকউ
তপ্না তপ্না শাৎকায়বকউ
অমোৎপশিংদুগী মথক্তা
মনম নুংশিনা নীংথিজরবা লৈরাং লৈশাৎ তমদুনা
যুগ কয়া কেমদ্রবা,
অনৌবা খোঙচৎ অমগী মাঙজিল থারকপী মহারাণী ওইনা।

মথন্নতা মাঙখ্রগদবনি
মথন্নতা লোৎখ্রগদবনি
ফজবগী মায়োক্তা অথীবদি কয়াম কুইনা খাওবা ঙমদগে?

তপ্না তপ্না হাই হুমলকউ
অমকপা যাওদ্রবা অশংবা অতিযাগী মখাদা
পানা পানা পাইরক্লিবা অঙৌবা লৈচিলদা
ঙাখু থেংগুজবদুনা
ওইন চাউবী তনৌ তনৌববী লৈশাবীগুম,

কংশিনথ্রবা মীৎকী পি/৮২

নঙগীদি অয়ুক অমুক ওইহনসি

নুমিৎনা তরং তরং থোক্লকপদা ঙায়রিবা।





অচুম্বা/৮৩